মমল্ লুপা ১০/

মখুম : আর, কে, জয়

নমথম : ভাগ্যবতী কার্যালয়, সগোলবন্দ, মৈনো লৈরক

অহানবা থোকপ : ১৯৯০ মার্চ।



মণিপুর স্টেত কলা একাদেমীগী মতেংগ লৌরগনা থোকপ।

অথোকপ

অরাম্বম সমরেন্দ্র

সগোলবন্দ মৈনো লৈরক

ইম্ফাল—৭৯৫০০১।

লাইরিক অসিগী মংফম পোকপা পুম্নমক অথোকপগীনি।

য়াওরিবসিঙ

## অঙ্গ্রোগী মৈ

(১)

কৈদাবুংগী লমপাক্তা
মীহাং থৌরি অমমমদ
থরাক থরাক য়াস্থহুন লৌরি
মঙক ইচোয় চোয়
মমিং ইতুক তুকথ
থঙ্গাল জেনেরেল লৌসিংথোঙ্গ
কোয়রেং যুবরাজ থৌনাফব।
অকোয়বদ,
ফীঙৌ কোকথুম্মহনা
খ্বাংদ থাংচেং লাকসিন্দুন
লেপলি মৈতৈ সুপীসিং
মরু লুকথহুন তুমীন তুমীন
খোয়জীথাদ খোয়জী মীহুন লাংথি
মৈগী চীং অমা
মৈগী চীং অমা।

(২)

মবুখৌ চীংখোং পোইরৈতোন হাকুতগী
ওমছুন থমলকলিব অন্দ্রোগী মৈ
য়েংঙু য়েংঙু
ঙসিগী খেনকম ফরবা অমুকাসদ
মৈরি থোকু
ইঙাং ঙাংন চাক্লেসে
ইঙাং ঙাংন চাক্লেসে।

(৩)

পোকখায়রক্লো নঙস্থু
মৈতৈ মুপীগী সিয়োমমুংদ
কুমজা কয়া লোৎলকলিব
অতুম্ব মৈগী চীং
অতুম্ব মৈগী চীং।

খঙঙ্রবরা নঙবো

ঐগী মিংলু্সিদ য়েংলোসে
য়েংগে ঐসু নঙগীদ
মীৎচান্নসি নঙ ঐ
মীৎচান্নসি নঙ ঐ
ঐগী খুৎসে চেৎন পায়রো
নঙগীসু পায়সিল্লগে চেংন
থানম্ব অহিংগী অবাব অহিংগী
তমথিব মুংসিৎন হুমলিনে হু হু
থক-থা থক থক নীকহন্দুন
খঙঙ্রবরা নঙবো
তাঙ্রবরা নঙবো !

## পামজব্রে

নিংথমগী খাব উল্লেন
য়ৈরবো ঐগী থক্তা
লাংবনগী য়াক্লব মৈসা
লাংলরো ঐগী থক্তা
ইণ্ডাগী নোং ইঙেনগী নোং
তাওথোকহল্লো তাওথোকহল্লো
ঐবু তাওথোকহল্লো
য়েনিংথাগী নোংম' মালং
হুমলরো হুমলরো ঐণ্ডোন্দ
ফুগায়ন সাৎচব লৈরাংন
লৈনা চোয়ন কেল্লকলবদ
কেল্লরো ঐগী থক্তা
নঙন সাবীব ঐগী য়ুম
নঙন সেম্বীব ঐগী তাংজকম
পামজব্রে ঐদি পামজব্রে।

## নোংথাং লৈম

নঙগী থবায়ন তারবস্থ তাড্রবস্থ
নঙগী পম্বায়ন য়ানিংলবস্থ য়ানিংদ্রবস্থ
ঐদি
নঙগী মূগ কয়াগী বাহংদ্বগী পাওখুমনি।
খল্লুমত্রা ঐসে নঙন
থাবলদ তাওজবী নোংইন
নত্রগ অঙনব অয়ুক্তা
কুগায়ন সাংগী গুলাপকী
লৈকাদ পকপ লিক্লা
নত্তে ঐদি অহু অমত্ত নত্তে
ঐদিনে নোংথাং লৈম
খঙলবরা নোংথাং লৈম

ঐগী অয়াকপ অহৌব খোল্লাওদ
কিন্থখিগনি নিংথায়খিগনি
নঙন অনৌ অনৌব মচু
তৈসিন তৈসিন্দুন থমলিব
পৎলব পুম্নব নপামবোম অনৌ
তিংথোকতুন লেপলিব থৌনাফন
অনৌব ইতিহাস অমগী থোংজিন্দ
ঐগী মিংলুনগী থকতোকরকপ
মৈরিক লৌসিং লৌসিংন চাকপেকহনখিনি
নঙগী যুগ কয়াগী
লৈকাং চারবা রাখলগী নম্বো।
ঐগী থিরব সক্রমসদ
নমিং উইসিন্দুন খাঙলিঙৈ নঙন
মপুঙ ফাহৌরগনি
মাঙ্লেম নৌন অমুক লৈসেম্লিব।

## কৈথেল লাইরেম্বী

থমোয়মুংদ লোৎলিব অৱাবা ৱারীসে
ঙমলুরসিগেনে কনাদ
ইমা ইমা ইমা কৈথেল লাইরেম্বী
কনা লৈজদ্রবী লাইরবীগী হিংনফম ওইবী
নঙোন্দ লীগে ইমা
নঙোন্দ লীগে ইমা
নথাম্মুংদ কপচগেনে ইমা
পুন্সী চেংজেল নিজরি ঐগীসু ইমা।

## লোইদগী

সাবী ইবুংঙো মুংসিব
থংলেন মানজ পামুব
ননাওন ৱারিবসিবু উদ্রবরা
লাকলোগব নহাকপো !
কবোগী মাংদবু লেম্ন
মুংসি নমাং থাহুন
পাংলসিনে ইশাম লমদম মুংসিবী
কেগে মোইরাং লৈবাক্তা !
নচেম য়াথং ঙায়হুন
ইপন নিংথৌগী য়াকা য়েংহুন
লৈগ্রবরা নহাকপু ?
ননাও ওইবী ঐহাক্কী
পম্বৌগী অথাব লিংজেনবু মায়য়োক্ত
মীগী নাই ওইবগীবু পোৎলুমন্থ কোকথোংন
মুংসি থায়ন মৈনম্থ চাকতুন
কেমগ্রো হায়রব্রনে লোয়মুম্ব !

## নোং মুংসিং

ঙইহল্লু, পুন্সিদি নোং-মুংসিং
নোংছুমগ নোংছুমগ থেংগাইনরো
চক কয়া অমনব বাখলগী পল্লোম্মুংদ
তুমলিবী মালেম নিকহল্লো হৌদোক্লো
গুরুম গুরুম গুরুম
কেল্লব টনা বানান
মরোল মরোল কুপসিন্দুন লৈগ্রবী মালেম
ছুমদোকখ্রো অকনব মুংসিংকী সাছমন
উ উ উ উ
থুদেকখ্রো কক্থংখ্রো
লংথরো ত্রক্ক লিসিং লিসিং
থ্রাক থ্রাক থ্রাক
অমনব অক'ব অসিবা পুম্নমক
অতুগ সারো জগোয় সারো জগোয়
থুগায়বসু ঙম্ব সেমগৎপসু ঙম্ব
ভেংবান মপুগী লাকঙম ফাঙমল্লব
সক্তুনগ হাকথেংনক্লবদ
মাংগী বাসু কাওথোক্তুন
ভুংগী বাসু থল্লুদন
ঙাওন ফৈন জগোয় সারিবী
লায়ভোংলবী মায়বীগুম

উপাল রাপাল পুম্বন
হায়ন হুমন সাম্নিবসে জগোয়
সারো নঙস্থ সারো নঙস্থ
অহুগ চুরো অহুগ চুরো
নোং নোং নোং নোং
নঙগী মুংসিব স্থমহৎলব ইসৈচ্ছুগ
জম জম জম জম
সংলেন ইথক হৌরনি নঙ
মীকপ থোক্লনি নঙ
মালেম মালেম মালেম
লৈচিন নোংফাই লৈত্রব
সংবাম্নব অতিয়া অম'গী
মথাম্নুংদ মথাম্নুংদ।

## হেন্ন ইখৌ লাংহল্লেনে ঐবু

বাংখৎক্লিব নঙগী সম্বনসিন
হেন্ন ইখৌ লাংহল্লেনে ঐবু
অতিয়া মালেম অনীগী উন্নফম
মচু ভরেৎন ইথক হৌরব চুমথাংগী লমদম
ভুমৈথ নাইদব সংবান্নব অতিয়া
বাংখৎলকলিব নঙগী সম্বনসিন
হেন্ন ইখৌ লাংহল্লেনে ঐবু !

## থায়ন থায়ন মমাংঙৈদ

থায়ন থায়ন মমাংঙৈদ
লৈরম্মী লৈবাক অমথক
লৈবাক অতুদদি হুয়ানবন
চংনিংব মতমদ চংলগ
থোক্নিংব মতমদ থোকখি
মীহাৎপস্সু মী হাৎনিংব মতমদ
হাৎনিংবমথৈ হাৎতোকই
অতুগুম্ব লমদম অদুদ
অচুম্ববু ঙাক্লবগীদমক
চৈস্সু অমমম পায়হন
অয়ানববু মাংহম্লবগীদমক
মৈয়া পরেং পুহন
চোংথোকলকলম্মী হন্নুবী তেংগোল'ম।

লমজেল

চেনখৎল্লু চেনখৎল্লু
পেরুক্ক চগুম্ব থরোইন চিন্দমব
অমুদোন নোংয়াই সাজৌব
হানগ্রবদি লমথু্ক্কম
অঙৌ পাম্ব কোংয়ানব
অঙোম নিংথৌ মপারীন
সনাগী থম্বাল ওইন সাংচবী
থাদোই কৌবী মহাক্কী
লাইজ ইরোম্মুংদ মাঙগ্রগনি
চেনখৎল্লু চেনখৎল্লু ।

## ক্বাক ক্বাক

ক্বাক ক্বাক
কম্বি ক্বাকনো কম্বি পাও পুরকপগে
অনৌব যুগকী অনৌব পাও পুরু ক্বাকনে
হো চংলকপ য়াগত্রও
চংফম নৈতেয়ে চংফম নৈতেয়ে
মতম হেম্রে
থোং হাংতো থোং হাংতো
কো মুংক্রেং পুথ্রিদ
ইবুথৌ পাথংবগী
থাংস্থনহা-ভা থাং-:থীবোস্ব
ফাওগংলকত্রিয়ে ফাওগংলকত্রিয়ে।

হনব তারত্রনে

কোম্নৌ মসক উত্তমদন
কেল্লব সীংগারৈসে পুরহন
হনব তারত্রনে ঐবো
অহুঙৈগী সেগাইরব থাংপোক্তুক ?

## য়েংঙুনে মরুপ

নঙগী বারীদবু কপকদ্র
ঐগী বারীদবু কপকদ্র
য়েংঙুনে মরুপ
কোয়ৌ মসেকস্থু সামসিল্লকলে
থাপন উব চুমথাংস্থু বাওথাংনরকলে
উরুম অমত লৈত্রব
নঙগী ঐগী পুন্সী লম্বী
য়ৌব কৌব লৈত্রব
নঙগী ঐগী অপীকপ থাংপোক
য়েংঙুনে মরুপ
কোয়ৌ মসেকস্থু সামসিল্লকলে
থাপন উব চুমথাংস্থু বাওথাংনরক্লে।

## লমদম অমদ

চাক পাম্বীদ চাক পানব
ইঙ্খাং পাম্বীদ ইঙ্খাং পানব
ফজবসু অচুম্বসু নুংসিবসু
পান পান্দুন লৈব লমদম অমদ
হেকপ ওমবমথৈন নুংঙায়ন
হেকপ ওমদবমথৈন থান
মামং উংসিন্নহুন মনা ওংসিন্নহুন
মখোঙ মখুৎ কোনসিন্দুন
তুম তুমহুন লেনব তারম্মী
অহুন,
মখোয়ন উব ফংলমদে
থামস্থ অহিংগী থবানমচাক
তাবস্থ ফংলমদে
স'গগী হুতসিংন সকলিব ইসৈ
অমুক হন্ন পোকলরে হায়রহুন
জীশু খ্রীষ্ট।

## খেব চৌংগী চৌংখোঙদ

খেব চৌংগী চৌংখোঙদ
খোংজোম তুরেল র্তোবান্দ
ইঙাং পাকতক্লরে ইমুনা পামফেল্লরে
থা থবান ঙম্ম লোংঙ্গব অহিংসে
লানঙমজ্রব থবায় কনাগী নাহেখোন্দ
হেন্ন ওমচাক্লহল্লে মুংসিংস্থ।
ইমা!
নঙগীদমক পাম্বোম তিংহ্নন লেপলম্ব
থৌনাক্কব নচা পূম্নমক
ঙম্ম তুথ্রেনে অমতম্থ লেপহৌজ্রে
মসিত্তন ওইব তাম্নত্র
নঙগী মায়ীবু ইমা!

## লাক্লগনি অপীকপ দেভিদ

হে লোক্লুংগী অকনব ইচেল
হেন্ন কল্লব নঙগী সাফুন
য়ৈসিল্লো হেন্ন কন্ন কন্ন
নঙগী নথান্নুংগী মুংত্থমসিংসে
কায়রক্কদবমখৈন থুগায়হুন চেন্থরো
কায়দ্রবমখৈদি হেন্ন হেন্ন কনসিলহল্লো
খঙলত্র লাক্লগনি অপীকপ দেভিদ
থুল্লরগনি কনসিল্লব মুংহুনসিংসে
অহুগ হাৎলরগনি অচৌব গোলিয়েথ।

## মাকুপ অমতং

থাবানমিচাক পাম্নব হে অহিং
পারিজাৎ লৈনম্ন হাবব হে অহিং
সুমহৎলু ঐবু মিকুপ অমতং
নঙগী ফজবত্নগী মথাংচুন।
মহুন ওইখিগে ঐগী চেংজেল
য়েংঙ্‌ন‌্নে অসে
পম্ন্নং শঙদন তাম্নব লম্নী
চুম ময়াং সারব চীংসাং নাপোম
তিংথং তুম্মৌগী তুমলব নতোন
লৈরেনে ঐবু ঙাযহুন।

## মৌ অমা লৈরম্মী

ইপুধোক্ক ঝাৰী অম লী—
মৌ অম লৈরম্মী
হেক হায়রুবদ
চাকসি চেং চংইদ
'চেংদগী থোংলক্লিবনি'
ঙসিদি চাক খর পেৎলিদ
'ঈসিং য়াওরগ থোংলিবনি'
চগা য়াম্ন কারেদ
'মৈ থাহুন থোংলিবনি'
ফৌমান য়াম্ন য়াওরেদ
'ফৌদগী সুব্রকলিবনি'।

## লৈজগে ঐদৌ থাপ্ল

তম্বীগন্নু ঐঙোন্দ
তাইবং নঙগী তাইবং মীরোল
মাংখিগনি ঐগী মুংসিব ইখোনজেন
সেংপিগন্নু ঐঙোন্দ
নঙগী মনি থাম্লব ফিগে
মাংখিগনি ঐগী মক্লুব মচু
চিংসিনবীগন্নু ঐবু ননাক নক্ল
পকলকনি নঙগী তৌসিম্লব মচু
লৈজগে ঐদি লাপ্ল তাম্ল
নেম্ল পীক্ল বাংদন।

## ঐবু অসুম্ন

করিগুম্বদ তুমনিংলকই
কাওথোক্তুন পুম্নমক
তুম্বদি ফংদে
করিগুম্বদ সাম্নজনিংলকই
নীপুন পুম্বগী বাংমদ
সাম্নবদি ফংদে
নসক উনিংবন লাংতক্লকই
উবাদি ফংদে
ঐবু অসুম্ন নাইতোম
ইতোমত তুম্মীম্ন চোকথন
লেপ্লো হায়রত্র।

## পীক্লব খোঞ্জেল অসিন

মায়পাকপ নল্লগ মায়থিব
মঙ্গদি লমদাং অমগী বারীনি
খঙলত্ৰ মরুপ
চত্তব য়াদহ্নন চৎলীবনি
খুনাম লৈতব লম্বী অসিদ
লম্বী অসিদ নৎত্রবদি মরুপ
কদোমদ চৎলুনি।
খোঙদ খোকলিব ঈসে
থমোয়দগী সিন্থরক্লীব ঈসে
খঙলত্ৰ মরুপ
খুদমনি মুংসিবগী খুদমনি
অঙাংব ঈখেংগী মচু অসিন
মুংসিবগী মচুনি মুংসিবগী
মচু অসিত্তন ঈখেং অসিত্তন
কোকথোক চামথোকদৌরিবনিনে
অমোৎপ মপৈসে অমোৎপ মপৈসে
তাত্র খোঞ্জেলসে পিক্ল সেংদন
এক এক কংলব খৌনাও অসিদগী
খঙঙু মরুপ খঙঙু
নোংম, নোংমদিনে
থক থক নিকহনগদৌরিবনি
পিক্লব খোঞ্জেল অসিন
মমি-সামিব মায়থোং অসিন।

## সাবী ইনেম্মচা পাম্মুবী

য়েংঙুনে অসে য়েংঙুনে
নোংচুপ থংব মায়কৈগী
অস্থকপ অমুব চীংসাংসে
শীরু মরি মরি
মমি-সামি মমি-সামি
উগুম উদগুম উপ্রিব
চীংলম্বী মচা মচাসে
লোংলমগনি থারী কয়া
কেল্লমগনি পুন্সী কয়া।
চীংজাও অমগ চীংজা অম'গগী মথোংদ
লাওন খোংন ভেংথা-নাওইরিবী
লোক'সিগী লোকপানদ
মদোম তুমিন
কায়ন ঈসৈ সক্লিবীসে
ঐগীদি চান্নবীনে ঐগীদি চান্নবীনে।
অঙম্ব চীংমায়দ অসোংব লম্বীদ

নাইতোম চংসিবীসে
খুলগী মারকৈ তম
ঐগীদি থরায় ওইবানে
ঐগীদি থরায় ওইবানে।

সাবি ইনেন্মচা পামুবা
চীংনুংগী সনা লোক্তগী
পাইবীরক্লোনে নুংসিবী।

## উরি রাওবাবগী

উরি রাওরবগী
অইংব নুংশিতন য়েবদ
রাই রাই রাই
খাংলিব রানাসিংসে
মতু মমান ইপোন পোল্লব
লমথুংনু লাংব অনোমসে
উরগ ঐন সকাখিবনি
অসি লমগী ঈসৈ কয়া
অসি লমগী ঈসৈ কয়া
ঙসিদি
অপীকপ ইচা কোন্দুন
ফম্লগনি মৈফু মনাক্ত
তনৌব মসকসে য়েংলগ
সাগনি অসাগী দলান
হুমলিনে ঙসিস্ত
উন পুব নুংসিৎসে
হু হু হু
অহুবু ঐদি মুনথরক্লে
মৈনাকসিদ মৈনাকসিদ।

## ওক্কেদ নওদি লাইমতোন

ওরাং অহিং মংলান্দ
কারম্মী ঐনা লাইমতোন্দ
লৈচিল নোংফাইন কুপ্লব
লাইমতোন চীংগী চীংদোন তম্ন।
চাম্নীংলুব নত্তে ঐগীদি
নিংথি তুরেল খোংনুংদ
য়েক্লুবগী ঈতন
নপসিনগ্রব খাংলেন
মিকুপ'মত ওইরবস্তু
য়েংজনিংবনি নঙগী নিংথিব
নিংথি তুরেল! নিংথি তুরেল!
অহুবুনে
ওক্কেদ নওদি লাইমতোন
অস্থুম বাংখৎলকই
অস্থুম বাংখৎলকই।

## সুগ্নুগী কৈখেন্দ

সুগ্নুগী কৈখেন্দ
ইস্কালদগী হোংখিবী
ডুকান কম্বী ইমাসিজগ,
মায়িং সুপী য়াহিদাক সঙবী
পুহাম সিবী কি মরাক সেংপী
মৈতান য়োনবীগ মনতিক্লয়ম্মী
নমদগী মৈতান বোরা থাহুন।
য়াম্মন্দে। য়াম্মল্লে
হাপখো। হাপলরোই
অহুদগী
খংনরক্লে মবাম্নি
খংনরক্লে মবাম্নি
অমনস্তু হেনব লৈতে
অমনস্তু তাব লৈতে।

## নঙগী নত্রনে ইমা

ঐগী মীংকী মীংলনদ
ঙহানব তারকপ মীরেন্দু
নঙগী নত্রনে ইমা
ঐগী নাকোংদ তাখিব
অহানব খোন্থাংহু
নঙগী নত্রনে ইমা
ঐন হোল্লিব নীংসা ।
ঐগী থম্মোয়দ চেল্লীব
লেপ্প মৈত্রব ঈগী ইচেল
নঙগী নত্রনে ইমা ।

## সমুদ্র তরেৎকী ইপাক্কু

নুং'সব
তানজানিংবনি নঙোন্দ
মীকুপ অমত্তং
য়াংলেন মীকুপ অমত্তু
অত্তুবুনে
সমুদ্র তরেংকী ইপাক্কু
ওমৈশা নাইদন লৈখ্রেন
সন্দোক্লুন মনকসিদ
নঙ অমত্তং ঐগী
নঙ অমত্তং ঐগী।

## হাদ উরিৎ নাপংবী

লোমীগী ঈন চোৎলব
লবুকী লৈথোমদ
মপান মহৈ চুন্নহুন
অকনব মুংসিৎকী ইপোমদ
সান্নক্লে জগোয়
থেক থেক নৌগ নৌ
নিক নিক লাওরব
কৌগী লবুক্ত।
হায় হায় হায়
কদোমদগীনো কদোমদগীনো
খোয়ঙাং সারেদন
লমগী উচেক্কন।
তাল্লু তাল্লু
সগায় সাও সগায় সাও
কদায় কদায় সাইরোংদি
য়ৈয়ু য়ৈয়ু পুঙহু
হাদ উরিৎ নাপংবী
নমান কৌই তাদবী
নপান কৌই তাদবী
হো-য়া হো-য়া য়া।

## মৈরাম্বা অমতং

করিগুম্ব
থম্বায় থাজব মৈরাম্বী লিসিংতুদগী
অরংব ফজব মৈরিহুদ
হিংতুন হল্লকলম্লবদি
অমতং, মৈরাম্বী অমতং
কল্লম্ব য়াবনি
সিত্রিব হিংলিব
অচুম্বদ ফজবদ থাজবসিংহুদি।

## হে লৈচিল হে লৈচিল

অসংব অতিয়াগী মপাসিদ নংতন
কদায়দনো নঙ চংলুগদব
মাগী সাংলব পাম্বোমখাসিদগী
কদোমদনো নঙ নানখোকলুগদব
লেপ্প লৈত্রব মালংগী সান্থমদ
করি মস্কনো থম্মমগদৌরিব লেঙদন
হে লৈচিল হে লৈচিল
লোয়নাইদ্রব মালংদ
পলেপফম শঙদন পোথাব য়াঙদন
কোয়ভাও ভাওরিব
হে লৈচিল হে লৈচিল।

## চন্দ্রইন চরোং সাব কান

অহৈবসিংন অংগুর্বাসংন
মহৈ মহৈ পংলাংদ লাঙনৈ
লাং হায়বদো নৈজ্রেয়ে
ঈশ্বর হায়বদো সিগ্রেয়ে।
অদুবু
চন্দ্রইন চরোং দাব কান
খাগী নৈহাওন চরোং চুম্ব কান
ইবুথৌ পাংঙবন
কোংব লনয়েংব সাবন লমপোকক্লপদ
অহৈবসিংস্থু খঙদবসিংস্থু
লাঙমীনৈ খুম্মীনৈ —
হো লায়নংগো লায়রেগ্বা মনাইসা
হো য়ায়া হোয়া য়ায়া য়া।

## ঐগী লুহোংব নুমিৎত

ঐগী লুহোংব নুমিৎত
লোয়ব খম্ব নাইদন
মরি মরি লাক্লিব
মরি মতা অহল-লমল
ঐগী ইমা ঐগী ইবেন
ইনে ইন্দোন ইমাবোক
মখোয় পুম্নমক হায়
ঐঙোন্দ য়াম্ন নুংসিন হায় —
"নীঙোন্দী মপামদ সীহৈদে
অতুন
লুন তৌবীদ্রবস্তু নুংসিবীদ্রবস্তু
কন য়ার নংলবস্
নঙ খাঙগদবনি অতুম কৈগদবনি
অমুক হন্ন মকমসিদ
হল্লকপ য়াদে
অমুক হল্লকপ
সুকয়া য়াদে"

## সুবাসকী সৈরেং

নঙন
চীংয়াগী লবুক মনাকী
উফুল হৌরব লম্বীদ
ওইন মায়থোং
অঙাং ওইরিবৈগী বারী পুম্নমকপু
নঙগী লেংজ্নদ কুপখিব
চৈর নমথাং অহুন লোৎসিল্লপ
ঐভোন্দগী হেনগৎতুন চৎথৎখিব
লবুক ময়াইগী অপিকপ খাংপোক
মায়কৈ ভাম্ন সাৎখিব
লমলকী লৈ কয়া
মচুবু
সম্বন অনন খাজিনথিরু
নজ্রগ
সম্বনচুগী বাংমদ সাৎখিরু !
ঐন অমুক্তদ হায়রুন
ননাক য়োগে খনববু য়ৌঙমখিদব
মচুবু ঐগী মঙদরা
নজ্রগ ঐগী ভাইবঙদরা

মরমদি
ম্‌্যালেমগী লৈমায়সিদ
মসিং খঙদন
মরেং মরেং চংলিব মীয়ামলক্ত
ত্তিনসিনগ্রবনি
মাংগ্রবনি নঙগী খোংগুলদি
ঐঙোন্দগী ।

# ইমা

কনান হায়রিবনো ইমা নঙবু
ফিমন সেৎপী চমোৎনবী
কনান তেংথানবনো নঙবু
সম্লাং চোইজাইনবী অরা সকলোম্নবী
ইমা ইমা ইমা
নঙদি ফজব পুম্বগী ফজবীনি
নিংথিব পুম্বগী নিংথিজবদুনি।
ঙকসমদ কিয়াং লিকফাং
খ্বাংদ সনা ফিগে খ্বাংচেৎনদুন
নোংমদোন 'তিয়া পক্ক বাংন
লেপ্লিবী নঙবু
কনান হায়রিবনো ইমা
লায়রবীনি নথানুংগী নচা সেৎনরবীনি।
কন্নিবু বাৎপগে নঙগী
কারিবু লৈতবগে নঙগীবু
বাংদ বাংবী ইমা নঙগী
থোইদ থোইবী পানথোইবী নঙগী
হিংলিনে নচা মসিং থঙদন
নঙগীদমক সিখিববু
নঙগীদমক য়াইবী থবায় কৎখিববু
সিব কৌব্রনে

## য়েংজহৌরো

পাখঙব পুম্নিগী ইপাক্তা
কুপসিল্লীব থম্মাগী মরোল
অকনব নুংসিংকী সাহুমদ
হুমগংগ্রে ঙম্মক হুমগংগ্রে
হাংহৌরব ঈসিংদ তারেদো ঙসিদি
নঙগী লংলব মীরেন
কোরৌহনব কোরৌহনব
নোংমদোন অতিয়া মালংগী কোরৌহনব
য়েংজহৌরো নঙগী নসক্তো
নমিংক নমিংক চান্নন
কয়াদ ফজব তঙ্খায়দ উব
থম্মাগী অঙৌব মনা
য়েংজহৌরো য়েংজহৌরো
নমিং থিংনব ।

## ককচেং মচান হায়রম্মী

ঐন থমজব লেমলৈ অমথক
চিকথংলম্লে ককচেং লিসিংন
হোন্দুন পুরমলে লিসিং 'মন' মুক
করিনো করিনো তৌরিবত্তবু
হাঙোকউ হাঙোকড ককচেং সিংহ্
কনান স্তনগ্নানি হাংলুব
অহুক য়াম্ব মপৈঙ্কবু
খরন চেনখি থরন থরায় থায়
থরন চিকলকহ ঐঙোন্দ
চিকপু চিকচব সাই
সিরমদাইগী মীকুপ্ত
ককচেং মচান হায়রম্মী ঐঙোন্দ—
অকনব নঙন কম্ন থারবস্থ
অসোনব ঐগীগ্ন চিকলম্ব তাবনি
ঙমজব খজিক্কু ঙমজব খজিক্কু
সিব হায়বসিদি অরায়বনি
হিংব হায়বসিনি লুরিবদি
অহুন ঐথোয়দি
চঙসিনব তাবনি হনজিন হনজিন
নঙন হাংলবস্থ নঙন নৈথায়রবস্থ
মসিনি মসিনি পুন্সি হায়বহু।

## ঐ

সমুদ্র তরেংকী ইচাওন
ইনক হৌগে হৌজরক্লো
হিমালয় চীংজাওম্বু
হৌগত্তুন লাকে লাকচরো
ননসিনবীগে হায়ত্র ঐবু
পোকথায়রব লাভাগী মৈসাদ
চেম্বখিগে হায়ত্র ঐবু
অহুবু ঐদি ঐনি
ঐদি ঐনি ।

## তুরেলগী তোরৈ তুথেক্লংদ

তুরেলগী তোরৈ তুথেক্লংদ
লোংলিনে বারী ইমা নংগী
নংগী তপলব ইচেলদ
ভাংথরক্লে লুপা মৈপৈ মৈপৈ
ইরাক্লরে ঙম্মক ইরাক্লরে।
কৈরাকপগী মচা ভাম্বীতোন
চেংহী সম্বান লাংগে থন
লাইজ ইপান লাং
ইমুগী ময়োন সংলুপদি
চেন্থত্রে ইচেল কল্লব
লুপাগী ইথক ইরৈন
তুরেলগী তোরৈ তুথেক্লংদ
লোংলিনে বারী ইমা নংগী।

## কোনাইতোংগী বারা

ঐন তাখি
কোনাইতোংগী বারী
কোনাইতোংগী অৱাব বারী
চৎলম্মী ঐগী বাখলন
ঙৌরুনব লৈচিল মফোলসিগ
ঙসি পোয়ন্নুংগী সুমহৎলব অঙিংসিদ।
কদায় সিদি কোনাইতোং
কোনাইতোংলনে সিবো
কয়াদ ফজত্রব কোনাইতোং
কয়াদ নিংথিজত্রবনো
থাবলন চামথোক্লব ঙসিগী অহিংসিদ।

## মৈ

নোংচুমগ নোংচুমগ
মুঙচুমগ মুঙচুমগ
উকংগ উকংগ
থেংজিন্নরগ মুজিন্নরগ তরুরগ
থোকললকপনি নঙদি
হে চকমোম খাম্বী মৈত্রেং'গাব
নমু তাইবং পোংয়োকমৈ
চীংখোঙ পোইরৈত্তোল্ল খুম্মোকইঙ
মতৌ লৈম লৈনাওতাবীন
তাইবঙ খুলিং মৈ
হৈজরগন খঙজত্রগন
মুৎন তাক্ল চাকপ মৈ।

## নঙগীনি

এপল এপল
অঙাংৰ এপল
সনা মচুগী
সনা মানবী কোমলা
লৈরে অসে মপৈ মপৈ
ইস কয়াদ য়ামথ্রব
য়োংচাক চয়োং চয়োং
য়োংচাক ঙাক্তবু য়োল্লীনে
ফজথ্রেদ কোবী মপালসিদি
নত্তে নত্তে ঐগী নত্তে
অঙাংব ইনবী ফজবী
হায়বার য়ানবী নিংথিবী
নঙগীনি নঙগীনি।

## কৈদৌঙৈনো

মহৌস।
নঙনদি পীবনি মঙোন্দ
ফজব।
হে মী তাইবঙ মী
নঙনদি করি পীরে
অমোৎপ !
নম্বুল নম্বুল
কৈদৌঙৈনো কৈদৌঙৈনো
নঙগী তম্মব ইচেলন
থেক্ক থেক নৌগ নৌ
থেক্করগদব নৌররগদব !

ভিংখণ্ড

নিংথমগী খাব উনদ
কাইরেলগী অঙাওব নুংসিত
সজিবুগী অহৌব নোংখোঙদ
কালেনগী য়াক্লব মৈসাদ
ওম্ম কেনথ্রে
পিক্লান য়োম্লঙ্গ
ঙাংলৈনব লৈকা পুন্নমক
গুলাপ কোৱী ঐহাক্কী
লৈহৌরিব হায়ববু ঙসিদি
ভিংখণ্ডসিত ঙায়হৌরে
ভিংখণ্ডসিত ঙায়হৌরে।
ঙায়খো
চৎলগে হায়রব্র
ঐগী বসন্তগী মরুপ
হে খোয়নিং
থৌরব ভিংখণ্ডসিগী মতোন্দ
লোংলিবনি গুলাপ ঐগী
থ্বাইদগী ফজব সৈরেং অদো
মসিন্থু খণ্ডখো মসিন্থ য়েংলখো।

## সক্কনি ঐদি

সক্কনি ঐদি
ঐগী ঈসৈ ঐগী পুন্সিগী ঈসৈ
ঐগী থবায়গী ঈসৈ
নোংখাঙ চারব চেকপন
কোম্মৌং কারব য়োং-চৈ
কাইরেঙগী অঙাঙব নুংসিংত
সজিবুগী অহৌব নোংখোঙদ
তুঙখ্রগদবসিবু তেকচত্রগদবসিবু
করিগীদমক কিজরখিগনি ঐন
লেপত্রব মতমগী ইচেলনস্থ
পুশজত্রগদব কাওসিং মপৈসিবু
করিগীদমক হোংনজরুখিনি
অমুক তাওথখিদনব
সকখিগনি ঐদি সকখিগনি
ঐগী ঈসৈ ঐগী পুন্সিগী ঈসৈ
ঐগী থবায়গী ঈসৈ।

অইবীগী ফোঙত্রব লাইরিক :

১. নোংপোবী ( সৈরেং ) —১৯৮৪